য়েক্লববু মাংহনবা ঙম্বা নথুংগু লাইরা, অকিবগী মশক পুখোকপী, পুন্সিগী অয়েত্‌পবা পাউজেল পীবা ঙম্বী ইমানি । তেংবানববু মথক মখা ওন্না তৈনহন্দুনা অরাবা পীহুনা মাংহনখা ঙম্বী । হুং লাইয়েক য়ান্নানা মেরুবা ওইহুনা থৌঙম থৌপুবী । হ্রীং লাইয়েক য়ান্নানা থৌন্নম পুম্ববু থৌপূবদা মতিক ময়াই হাগু্না ঙমদবা লৈতনা থৌপুবী ।

ক্লীং য়ান্না উথোলনা নপুক থোইজং থোইদবা ওইহুনা থাগোন থাকৌজবদা থৌজালগী মিৎয়েংনা কুবি নোংদম্বীন্নিবী ঐনা নিংজন্নিবা অমদি তৌজন্নিবা অসিবু থৌঙম্নবা তেংবাংবিয়ু অহুম্বুক্তীদমক থাগোন থাকৌ লৈপাইজবনি ।

# লৈহুল লাইয়েক

ওম হুং হ্রীং ক্লীং ওম তেংবানববু অরাবা পীহুনা মাংহনবা ঙম্বী, অরাবা অন ববুগু কোকপীহুনা মুংঙাই য়াইফংববু পীনন্নিবী । মীওই মপোক্পা থৌঙম্নবা থৌপুবদা থুবী, থুদোম্বী, থোং-থুৎ, মিং নাকোং নাতোন চিল লৈগী মশকপু ওইনা থৌপুন্নিবী ইমা ঐগী ইমা ইচা, উচিল ইনাও পুম্ববু কনবিও অরাবা অনংবা লৈবা খিবিকপু কোকহনবিও হুং হ্রীং ক্লীং ওম য়ান্না অসিনা কুবিবা কুবিও ওন্না ।

ওম হুং হ্রীং ক্লীং ওম লাইয়েম্বী য়েক্লবা ফত্তবা পূম্বগী মপুক ন্নাথনবু ওন্না তৈনহন্দুনা ঐগী অমদি ইপা ইমা ইচিম ইনাও শাগৈ নাতৈ পুম্বম্বী য়েক্লথশিংবু তুম্না মাংহল্লো হুং হ্রীং ক্লীং ওম ফট ফট ওন্না ।

ওম হ্রীং ক্লীং ওম ন্নাহনবা নৈহংপা মথক মখা ওম্ন তৈনহন্দুনা মাহনবা থৌপুবী, থন্নাই পামবা পুন্নমক্তি থন্নাই ম্নাইবী শিদবগী

মপক ওইবী হকি মরু ওইবী লাইরেমবী মুংমু তুমন-মাংদবী ইমা ঐগী অমদি ইপা ইমা ইচিল ইনাও পুম্নমক্কী য়েক্নবা পুম্নবা অমদি য়েক্নবগী মপা মমা, মরি মতা পুম্নবগী মচিক মওম পুম্নমক্তা য়াংহন্দুনা মকম থংহনা লৈহনম্লো হুং হুং সেক্রং সেক্রং ঠা ঠা ফট ফট ওরা।

## য়েকনববু নমথবা

ওম হে ইমা মাংহন নৈহৎপবু থোকমবী। মহে মশিং লাইরা পুম্নমক্কি মেরুবা লাইয়েক ওইবী, থোরম খুদিং থংদবা, থোকমদবা লৈতবী ঐগী য়েক্নবা ওইরিবা মশক পুমববু অন্নাবা পীতুনা মশক মওং, মথক মথা ওম তৈনহন্দুনা মাংহনবিয়ো। তেংবানবগী থোপুনবা মশক ওইবী লাইরেমবী ইমা মুংমু তুমদ মাংদবী।

ওম হুং য়েক্নবগীময়ুম মকৈ লৌরি ইংথোল লৈবা থিবিকপু লাংশেন্দুনা চৎহনম্লো ওরা। থোরম অসিবু মপান শন্না শাংহন্দুনা মহে মরোং চুন্না য়ালহনবিয়ো।

ওম অং অং অং পুরুমজরি থোকম থোপুনবা হকি মশক ওইবী লাইরেমবী মথক মথা ওন্না অন্নাবা পীতুনা মাংহনববু থোকমবী য়েক্নববু নমথম্লো, মাংহনম্লো, মমিৎ মমহল্লো, মরোল মরিন থোক-হনবু। মশা পুম্নবা মৈগুম্না চাকথেকহল্লো, পংথা শিথহল্লো, মখুৎ মখাবু পোংচৈ পাইবা য়াহনবু মপুক বাথল মমহল্লো, কোইনতুনা চৎহনম্লো ওম ওম ফট ফট ওরা।

হুং হুং হুং হুং হুং, হ্রীং হ্রীং হ্রীং হ্রীং হ্রীং, ক্লীং ক্লীং ক্লীং ক্লীং ক্লীং, ওঁ ওঁ ওঁ ওঁ ওঁ, খুংশা থোং-খুং ওন্না তৈননা পালহন্দুনা মথক মথা ওন্দুনা অন্নাবা পীবা ওবী লাইরেম্বী মুংমু তুমদ-মাংদবী ইমুং লাইরেম্বী লাইখুৎশোংবীগী মশকপু মাকোংবী ইমা ইমুং

লৈমাংনহনববু থৌওম্বী হুং হুং হুং হুং হুং, হ্রীং হ্রীং হ্রীং হ্রীং হ্রীং, ক্লীং ক্লীং ক্লীং ক্লীং ক্লী, ওং ওং ওং ওং ওং ফট ফট ওবা।

ওং হ্রীঃ ক্লীং ওং য়েক্লবগী মশকপু মা হল্লো। নখুৎশু য়োংকি চৈশু মচিন অহুম পানবা ( মৈ ঈশিং মুংশিৎ ) চিংঙ্ অহুমগী মতীক মঙম্বু থোপুনরিবা অতুনা থ্রন্দুনা মাংহন্নবা তৌবিরো। মীওইবগী হকচাংবু মথক মখা ওন্দুনা মাংহনববু থৌওম্বী লাইরেম্বী মুংমু তুমদ-মাংদবী ইমানা মথক মখা ওন্থোকপীরো।

মনুম মকৈ মপা মচা পুন্নমক্লগী থায়দোক্লনা মতিক মঙম মাং-হল্লো। মথক মখা ওন্দুনা মাংহনবা ওম্বী লাইখুৎলোংবী, থৌঙম থোপুনবা হকচাংগী মশক ওইবী মুংমু তুমদ মাংদবী রারেপ রাচুম ওাংদবা, মীমুংশিবু খংদবা মী, লাইবু মথক মখা ওন্দুনা মাংহল্লিবী অরা অনা য়াইফববু নোংদম্বী ইমা ইচুম লাইরেমবী। ওং মতিক মঙম্বু মাংহল্লো, মচা মশু মচিন মনাও শাগৈ নাতৈগী মনুংদগী থাই-দোক্লনা চংহন মাংহনল্লো। ওং অঃ ঠা ঞ্রগী য়েক্লবা অমদি ইপা ইমা ইচা ইশু পুন্নমকি য়েক্লবা পুম্বগী মহৈ মশিন পুম্ববু শুমহত্তুনা লৈথা তানা মাংহল্লো।

ওং অং জ: ওং অং ঠ য়েক্লবা পুম্বগী মরৈবু ককল্লো।

ওং অঃ ঠ মচিন মমাইবু পৈথনা মাংহল্লো।

ওং অং জ: অং ঠ য়েক্লবগী পেংথোংবু কুলহল্লো।

ওং অঃ জ: ওং অং ঠ য়েক্লবগী মশা পুম্ববু মাংহল্লো।

ওং অং জ: ওং অং ঠঃ য়েক্লবশিংনা তৌরিবা থৌরম পুম্বা মাংহল্লো মুৎহল্লো।

ওং হ্রীং ক্লীং ঐং মথক মখা ওন্দুনা অরাবা পীবা ওম্বী লাইরেম্বী লাইখুৎলোংবী তেংবানবগী হকি মশক ওইবী মুংমু তুমদ-মাংদবী

ফত্তবশিংবু মাংহন্নবা থৌওম থৌপুবী হুং হ্রীং ক্লীং ঐং ফট ফট ওরা ।

ঐগী অমদি ইপা ইমা ( কম্লিংবা ) পুম্ববু ঙাকপী কনখিও, য়াইফ নোংদম ঙম্বীও ওং হুং ফট ফট ওরা ।

ওং হ্রীং ক্লীং ঐং অরা অনৌববু নোংদম থৌওম্বী হকচাংবু মথক মথা ওম্না তৈননা পালহন্দুনা মাংহনবী ঙম্বী ঐগী য়েক্লবশিংবু মপুক লুম্নাংবু ওম্ন তৈনহন্দুনা মাংহল্লো উদবা খংদবা মফমদা চংহনখ্রো হুং হুং ওরা ।

# চৎজ রাহে অয়োক অকন

হ্রীং হ্রীং হ্রীং হ্রীং হ্রীং, বং বং বং বং ব, লং লং লং লং লং, রং রং রং রং রং, হে ইমা থৌওম থৌপুনবা হক্কি মশকপু ওইবী, হকচাংগী মশক মওংবু ওম্ন তৈনহন্দুনা অরাবা পীবা ঙম্বী লাইরেম্বী ইমাবু ওং পুরুমজরি কুবি নোংদম্বীও ।

ফত্তবা মীমুংশি খংদনা মশাগীদা খনবা মীগী মাংনবদা খনবা হিংচা য়াইতম্বগী লমচৎ চৎপশিংবু মাংহন্নবা থৌপুরিবী নখুত্তা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনা নখুৎশু থুংলাই ওইনা পাইরিবী নোংমৈ, শিজং, লিরুং তেন, থাংটা, য়োৎশুক পাইদুনা অমাং অতা লৈতবা থুংলাই পুমববু মাংহনবা ঙমবা থুংলাইবু নখুৎশু ওইনা মঙম চাওবা অপোকপা নথম্তুনা ওইঙম্মি হায়বগী পামবোম ১০ পানবী লাইখুরেমবী=লাইখুৎলো বী থাকোবী । কৈ মউম্না খ্বাংশেৎনা, মী মকোক্না খ্বাংলি ওই, নখুৎ নাম্মনা মিরাং থাং তোনকোনববু পাই, নখুৎ ওইনা মী মকোকপু মশমদা থুংলাক চেৎনা পাইদুনা নতিক

মঙালবু মুমিৎ লিপুল লাপুন্না থোকপঙম্না ঙান্দুনা য়েক্লবশিংবু নঙাম্ভনা চাকখেতুনা মাংহনগ্রগে মতাগুম নশম্না ফাহোনা অঙাওবীগী পাল্দম্না লৈকম খুদিংদা কোইহুনা অকি তুজু্বা লৈতনা য়েক্লববু নমথনবা থোঙম থোপু থোয়াংবী। মমিং থূংদরিবা মথেবু থামবা য়াদে হায়বগী লাইয়েমবী অঙাওবী থাকোবী, নচু নঙাম্না লৈচিম্না খন্দবা নোংখো মচু আসে্বনা ভমজনা ঙাল্লিবী। তোগে নীংবদা থোঙমদবা লৈতবী য়েক্লবশি্গী মহৈ মশিং, মতিক মঙম্বু মাংহল্লো। মখোং মথুৎ থুদেক্লো। মচিল মরৈ ফাজিল্লো। মমিং ২বু উহল্লম্ম। মনা ২বু তাহল্লম্ম। ঈশিং খোংবু থীংজিন্দুনা মিউবা মিউবীবু মাংহল্লো। পেংখোংবু মেনশিনলো। মপুক বাথলবু কঙাওননা চৎহললো। মশা পূমববু নফম্নাংদা লাংজরে চাকথোক্লো হুং হুং ফট ফট ওন্না।

ঐগী ইপা ইমা ইচা ইগুদা য়েক্লবগী মহৈনা অন্নাবা পীরিবগু কোকহন্দুনা লাক্কদবগু ঙাকথোকপীহুনা কোঞ্জিন মিংয়ে. তানা নথা মুংদা কোঞ্জিনখিয়ু। য়েক্লবগী মহৈ মশিংবু মাংহন্দুনা মশা পূমবা মথক মখা ওন্না তৈনহন্দুনা মাংহল্লো ওং ওং ফট ফট ওন্না।

হুং হ্রীং ক্লীং য়েক্লবশিংবু মথক মখা ওম্না তৈনহন্দুনা অয়োল অন্নাল লৈত্তবশিংবু নুংঙাই য়াইফং নোংদম্বী, মাংহনবগু থোপুম্নিবী য়েক্লবশি্বু মথক মখা ওন্দুনা মাংহনম্রো হুং হ্রীং ক্লীং ওং ফট ফট ওন্না।

## লাইয়েক ১৬ হামোইবা ৩৫ না লৈঙাক লৈকনবা

ওং হ্রীং ক্লীং ওং তোরম্বা থোরম্বু মথক মখা ওম্না তৈনহন্দুনা অন্নাবা পীহুনা মাংহনবা ঙম্বী হকচাংগী মশকপু অশোই অঙাম ফত্ত হাওদি অত্তেক অকাই লৈতনবা মুমিৎ খুদিংগী ঙাকশেনবিহুনা লৈম্নিবী

ইমা মুংমু তুমদ-মাংদবী য়েক্লবগী মতিক মওম্মু মাংহন্দুনা মচা মগু লৈবা খিবিক্বা তিন্নহন্দনা চৎহনপ্রো । ওং হ্রীং ক্লীং ওং ফট ফট ওরা ।

ক্ষং লং হুং সং ষং । শং রং লং রং যং । মং ভং বং ফং পং । নং ধং দং থং তং । ণং ঢং ডং ঠং টং । ঞং ঝং জং ছং চং । ঙং ঘং গং খং কং । অঃ অং ঔং ওং । ঐং এং ৯৯ং ৯ং । ঋৄং ঋং উং উং । ঈং ইং আং অং ।

হুং হ্রীং ক্লীং ওং মশক মওংবু ওম্ন তৈনহন্দুনা অরা খনং পীহুনা মুমিং খুদিংগী হকচাংবু লৈঙাক লৈকনবী ঐবু অমদি ইচা ইশু পুম্ববু ঙাকপী শেববীও ফম্ভবা পুমবৰু ফনবা শেমবীও ফস্তবা লৈরমবা পুমবৰু অরাবা পীহুনা মাংহনশো । ওং ফট ফট ওরা ।

অঃ অং ঔং ওং । ঐং এং ৯৯ং ৯ং । ঋৄং ঋং উং উং । ঈং ইং আং অং । ঙং ঘং ঙং খং কং । ঞং ঝং ছং চং । ণং ঢং ডং ঠং টং । নং ধং দং থং তং । মং ভং বং ফং পং । ক্ষং লং হং সং ষং । শং রং লং রং যং ওরা ।

মথক মথা ওন্দুনা অরাবা পীবা ওমবী মুমিং খুদিংগী ঙাকপী শেনবীরিবী মুংমু তুমদ-মাংদবী ইমা লাইরেমবী ঐগী অমদি ইচা ইশু পুমবৰু য়েক্লবশিংনা তৌরকপা পুমবা চংহনবীগম্ন য়েক্লবশিংবু মাংহনবিপ্রো ওং ওং ফট ফট ওরা ।

অং আং ইং ঈং । উং উং ঋং ঋৄং । ৯ং ৯৯ং এং ঐং । ওং ঔং অং অঃ । কং খং গং ঘং ঙং । চং ছং জং ঝং ঞং । টং ঠং ডং ঢং ণং । তং থং দং ধং নং । পং ফং বং ভং মং । যং রং লং রং শং । ষং সং হং লং ক্ষং ।

ওং লৈঙমবা মশক পুমবৰু মথক মথা ওন্দুনা অরাবা পীরিবী হকচাং পুমবৰু লৈঙাক লৈকম্নবা ওইরিবী মুংমু তুমদ-মাংদবী ঐবু

কনবিও য়েক্লবা পুম্নবু মাংহল্লো হুং হ্রীং ক্লীং, হুং হ্রীং ক্লীং ওং ফট ওয়া ।

ওং ক্লীং হ্রীং শ্রীং। ওং ক্লীং হ্রীং শ্রীং। ওং ক্লীং হ্রীং শ্রীং। ও ক্লীং হ্রীং শ্রীং। ওং হ্রীং শ্রীং। ওং ওং, অং আং ইং ঈং। উং ঊং ঋং ৠং। ৯ং ৡং এং ঐং। ওঃ অঃ, কং খং গং ঘং ঙং। চং ছং জং ঝং ঞং। টং ঠং ডং ঢং ণং। তং থং দং ধং নং। পং ফং বং ভং মং। যং রং লং বং শং। ষং সং হং ক্ষং। য়েক্লবগী মতম্বু মথক মথা ওন্না তৈনহল্লুনা অবাবা পীহুনা মুমিৎ খুদিঙ্গী ঐগী হকচাং পুম্নবু লৈঙাক লৈকন ওইরিবী ঐগী অমম'দ ইপা ইমা ইচিল ইনাও পুম্নগী য়েক্লববু মথক মথা ওন্দুনা মাংহল্লো থিঞ্জু লাইচুবা কোকহল্লো। ইতু ইচা পুম্নবু মতম পুম্নদা মুমিৎ শিঙ্গুম ৭ নি থাজ ১২ বু অচাংবা লৈতনা ঙাকশেন্দুনা লৈহল্লো ওয়া।

# ঐবু কন্নবা থৌনিবা

শ্রীং হ্রীং ঐং ওং মালেম্ ইমাগী মশক ওইবী ইমা ঐগী ইচা ইশু পুম্নবু নথানুংবা কোনশিন্না থম্মীও হুং ফট ওয়া।

শ্রীং হ্রীং ঐং ওং নললৈমা লাইরেম্বী ইমানা ঐগী খোঙ্গী লৈফম্বু ঙাকপী শেনবিও হুং ফট ওয়া।

শ্রীং হ্রীং ঐং ওং পুয়া পুম্নগী মমা লাইরেম্বীগী মশক ওইরিবী ঐগী নিংহুগী শরুকপু ঙাকপী কনবিও হুং ফট ওয়া।

শ্রীং হ্রীং ঐং ওং লাংওল খুঙ্গিংদা মখোৎ কায়রুম্বীগী মশকতম্বু ওইবী লাইরেম্বী ইমানা ঐগী থবাকি লৈফম্বু কনবিও ওং ফট ওয়া।

শ্রীং হ্রীং ঐং ওং ইঙো মনাক নক্রিবী লাইরেম্বী ইমানা ঐগী মিৎ ২ গী লৈফম্বু ঙাকপীও হুং ফট ওয়া।

শ্রীং হ্রীং ঐং ওং লাইনিংবী লাইরেম্বী ইমানা ঐগী লরাইবু ভাকপী কনবিও হুং ফট ওয়া ।

শ্রীং হ্রীং ঐং ওং ওয়া ভৈনবা মশকপু নিংথি চংথোয়া লৈপাক্লবা ভমহল্লিবী ইমা লাইরেম্বীনা ঐগী হকচাং মহুক্লী অশোইঅভাম লৈবা থিবিকপু ভাক শেনবিও হুং ফট ওয়া ।

## চংজ রাহু পাঙশাবা

য়েক্লববু নমথনবগী অরাবা পীভুনা মাংহন্নবগীদমক্তা পাম্বোম ৮ বু পান্দুনা য়েক্লবা প্রম্ববু মাংহন্নবা থুংলাই ৮ না নথুংশু ওইনা পাইভুনা শাকোংবী ভেংবানবগী অরান খুবম্ন নোংদম্বী নভিক নভান্না মৈদগী হেন্না শাওন্না মুমিৎ লিপুন লাপু থোকপগুম্না থোক্লুনা অকি তুচুংবা লৈতনা য়েক্লববু মাংহন্নবা থৌভম থৌপুবী য়েক্লববু অকি তুজুং ওইহন্দুনা নমথবা ভন্নীবী । মকম খুদিং শিনথুংনা কোইহুনা ভেংবানবগী অরাববু লৈভাক লৈকনবিহুনা অরাবা খুদিং কোকননবা ভম্বী । ইমা শিন্নম খুদিংদা উদ থংদবা লৈতবী হে ইমা লাইরেম্বী । মীমুংশি থংবা, লাইবু নীংবা, চৎলম লুভিন থ.বা লাইরকচন্দা নামুং চৎলম থৌপুদবা, তাংজা লুক্লা চৎপা মপুক লুমলাং অরাং চৎলম লৈতবগী মকমদা অচান মীরাই শাইদনা থাজ লিপুন লাপুন থোকপগুম ইংনা ভান্না শাথোক্লুনা মুংভাই রাইকংনা লৈপান্নববু নোংদন্না লৈকনবী । য়েকনবশিংনা মাংনবা থৌপুরকপা পুম্ববু মনিং মমাং মথক মথা ওয়া ভৈনহন্দুনা অরাববু পীভমলবী । ফত্তবা ছিংচা য়াইভম্বগী লমচৎ চৎপশিংবু মাংহন্নবগীদমক্তা লৈভন্নিবা লাইয়েকপু মনিং মমাং মথক মথা ওয়া য়ারা ইথোলবু শাথোক্লহুনা মতিক মভম্মু নমথাহুনা মাংহলশিথী । অচুম অয়ান রায়েন্না মুমিৎ খুদিংগী ভাইবং হকপু লৈভাক

লৈকল থোপুরিবী । মীয়োক মীকল থৌঙবী ওং থৌজানবীরো লাইরেম্বী হুংমু তুমদ-মাংদবী ইমানা সেফ্রং সেফ্রং ঐগী অমদি ইচা ইশু পুম্বগী য়েক্লবা পুম্নমকপু নমথক্তুনা মতিক মঙম্বু থম্বীরো মহৈ মশিং মতিক ময়াই মাংহনগ্রো হুং ফট ওরা ।

ওং ভেংবানবগী লাম্না খুবম্বু থোপুবী সেফ্রং সেফ্রং য়েক্লববু হুং ফট ওরা । ও' হুমিৎ লাপুন লিপুম্না ঙানবগুম নতিক নঙানবু ঙানবী সেফ্রং সেফ্রং য়েক্লববু নঙাম্না চাকথেকপীরো চাকথেকপীরো হুং ফট ওরা ।

ওং লৈকম খুদিংদা শিনথুংনা কোইচাইননা লৈঙম্বী সেফ্রং সেফ্রং য়েক্লবা খুদিংবু ঙাওনা কৈনা পুবিগ্রো হুং ফট ওরা ।

ওং থরাই পানবা পুম্নমক্কি লৈয়েংবু ওইবী সেফ্রং সেফ্রং ঐগী য়েক্লবগী লৈয়েংবু কাজিল্লো হুং ফট ওরা ।

ওং খা নো পোক লৈতেং ফম্বাম্না লৈঙাক লৈপুবী সেফ্রং সেফ্রং ঐগী য়েক্লবা মতিক মঙম্বু মাংহল্লো হুং ফট ওরা ।

ও: মুৎহন মাংহম্নবগী থোপুবী লাইরেম্বী সেফ্রং সেফ্রং ঐগী য়েক্লবা পুম্ববু মুৎহল্লো হুং ফট ওরা ।

ওং ভেংবানবগী মপুক লুমলাংবু শুমহৎহনবী সেফ্রং সেফ্রং য়েক্লবগী মপুক য়াথনবু শুমহৎনা থম্বীরো হুং ফট ওরা ।

ও: পাম্বোম ৮ পাল্লিবী লাইরেম্বী সেফ্রং সেফ্রং ঐগী য়েক্লবা পুম্ববু মথোং মখুৎ লোংথোকহন্দুনা মাংহল্লো হুং ফট ওরা ।

## থুৎ লোম্নরগা পাউশাবা

য়েক্লবগী মশক ওইরিবা মী, লাই হিংচা য়াইতম্বা, শা-উচেক, মৈ-ঈশিং-হুংশিং পুম্নমকপু মাংহল্লো । ইমা লৈরম্বা পুম্ববু মথক

মথা ওন্দুনা থক খা ওন্নবা য়ায়া ইথোলবু শাথোক্তুনা ভেংবানববু ম্যাংহনবা থৌজ্বী। মুমিৎ খুদিঙ্গী হকি লৈফম্বু কয়বগী মশক ওইবী লাইয়েম্বী ঙ্ংমু তুমদ-মাংদবী ইমা ঐদি লৈচং থৌগন য়াহৈ পাউশা থংজবগু নৎচদে। লাইগু লাইবা নিংখি য়াহৈ হৈবগু নৎচদে। লাইয়া লাইশোল করিনা লৈহন লৈয়াং তমগনি, পুরুম থাগোনগনি থংজবগু নৎচদে। য়াহৈ পাউশা খুদিংদা লংজ অয়োল লাংখিববু ভাকপীয়ু কনখিয়ু। চংজকমদা চংজ হাইজকমদা হাইজনা লৈহনজ-নিংবগী ইপুক লুম্না দা তানকংলকপা য়াহৈ পাউশা খজিক্না থৌগঞ্জবনি অয়োল অয়ান খিবিকপু ভাকপীতুনা থৌঙম থৌপুনবিও য়ায়া ইথোল ইনিল চুম্না পাউশাবগু ইতিক ইঙম নৎচদে চি.উ লাইবুংথৌ লাইয়েম্বী পুয়মম্না লংজ পাউশাখিববু কনখিতুনা থৌঙম্ববু কুবিও। অয়োল লংজ ইয়ালবু কনবিও।

ওং অং আং ইং ঈং। উং ঊং ঋং ঋৃং। ৯ং ৯৯ং এং ঐং। ওং ঔং অং অঃ। কং খং গং ঘং ঙং। চং ছং জং ঝং ঞং। টং ঠং ডং ঢং ণং। তং থং দং ধং নং। পং ফং বং ভং মং। যং রং লং বং শং। ষং সং হং লং ক্ষং ঐগী ইপা ইমা ইচা ইগু পুম্নমকপু ভাকপী কনবিও। য়াইফ নোংদম তম্বীও ওয়া।

য়েক্কবা পুম্নবু মাংহনবিয়ো মৈগী মশক ওইরিবা নখুৎশুনা চাক-থেকহল্লো। ঈশিংগী মশক ওইরিবা নখুংশুনা মশা পুম্বা লাকশিন্দুনা মাংহল্লো। নুংশিংকী মশক ওইবা নখুৎশুনা মশা পুম্বা হুমদেক্কুনা মাংহল্লো। হুং হুং ফেৎ ফেৎ ঠঃ ঠঃ ফেট ফেট ওয়া।

## থুৎ অমুক লোম্নগনি

ওং লৈঙবা লাইয়েক লৈথম্নববু য়ায়া ইথোল মথক মথা ওন্না তৈননা শাথোক শাকোংনহুনা য়েক্কববু নমথহুনা মাংহনববু থৌঙবী,

কম্ভবৰুম ফনবা শেম্বী শাবিরিবী ইমা লাইরেম্বী, মুমিৎ থুমিংগী হকচাংবু লৈশাক লৈকমবু ওইরিবী লাইরেম্বী মুংমু তুমদ-মাংব্বী ইমাবু হন্না পুরুমজরি। ইভৌবা চিংগু মুংবা মহারাবা ইভৌ মমাক নক্লিবী থৌরম থুদিং থৌওমদবা লৈতবী, খদ-উদবা লৈতবী নখোং খাদা লৈচনা পুরুমজবনি য়াইফ নো দমব্বীও।

## ২৩ ইচুম লাইরেম্বীদা চংজবা লাৎপা

হে ইমা লৈশাক লৈকল হৈশিবী লাইলৈমা ইমা ক্রোং ক্রোং হ্রীং হ্রী শঙলেন থুদি দর্শ লৈফমবী ইমা লাইরেমবী ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং ইচুম লৈমক্লী শ্রীং হ্রীং ঐং।

নচু নঙান্না শক্তিক থবানা ভানবগুম ইংনা লংনা ভাল্লিবী ওং হ্রীং স্ত্রীং হুং ফট ইচুম লৈমা ইমাবু পুরুমজরি।

মরোল অহুম তুনা ভাল্লিবী লাইলৈমা স-ক-ল-হ্রীং নিংখি চখোনবী ইমা ঐং মরোল ওবু ইনা ভাল্লিবী ক্লীং থবাই পানবা পুন্নমক্কী চংজকম ওইরিবী পুরুমজরি নখোং খাদা, অয়োজ লংজ পুমববু ভাকপী হৈবী ইমা কুপি নোংদম্না ভাকপীও ওবা।

খঙদবা :— লৈহুনগী পোৎলমদি রাৎহন্দনা রাহৈ অসিদনা ইরাৎপা য়াই মতুদি—

হুং = য়ারানা লৈহুনবদি তুমহনবা মাংহনবনি।

ফট ফট = য়ারানা লৈহুনবদি হাইদোকপা, ককথৎপা, ভাকথোক-পনি।

খাং — য়ারানা লৈহুনবদি হাৎলো, মাংহললো হাইবনি।

ঠা ঠা = য়ারানা লৈহৎলো নমথরো, পৈথকল্লো হাইবনি।

ঠা=য়ারানা পুরুস্মিবা লাই অহুগী মতিক মওম হাপ্পনি অহুওমবা মওমদগী য়েক্লববু নমথারো হাইবনি ।

য়েক্লবগী ফমফম




থৌরম মপুগী ফমফম

ফমবী ৮ কোঞ । থুংমু তুমদ-মাংদবীগী উয়াং থুদানে । লৈবাক্তা য়াম চাইয়গা অঙাংবা মচুনা য়েক্লনী । অসি থুংলাই ঙাক্লনি য়াংফদে । অফবা থবক্তি লাইলৈমা মচুদি অঙৌবা পামবোম ২ পানবীনি । ফত্তবা থবক্তী মুইঞ পামবোম ৪/৬/৮/১০ পানগনি মরৈ ভমগনি । মৈমা মুংশিংনা পুবা অয়াংবা মৈনি । ফত্তবগী লৈহুমা কঁবো মোরোশি, মনাইচি, থুমবৌ, য়াইঙং, মোরোক মকুপ শাইবা তিংথং ওইগনি । অফবগীনা ঘি চেং থোইদিং লৈ তিংথৌনা ওইগনি । লাইংবুংথৌগীনা থনগী ঘি, চেং অঙৌবা, লাইয়েংবীগীনা চেং অঙাংবা ইরোইগী থিনা ওইগনি ।

অতাওবা ফনবগীদি - ইরাংকু ১, হৈরুক পানা ১, তোপ্না থাগনি। অতৈগীদি ইশাইফু ৪, হৈরুক পানা ৪, ফনেক উম্নফি সনা লুপা কা মনা লফোই উচিরা মথোংবা থমগনি। শম্মেং মু শেল, মৈরা ৪, শিং মরম ৫/৭/৯ শগিনা মপুং ওইগনি।

শিং মরম— সনা থোংনাং, হৈত্রোই, পোরোই, থৈবোং, হৈবোং, হৈক্রু, উহন, হৈনৌ, হৈ খাগোক অসিনি।

## ২৪ লাইবুংথৌ ৯ লাইরেম্বী ৯ গী মেরুবা লাইমিংনা অফ-ফত্ত লৈহুন থোনি

১—ওং হ্রীং হ্রীং লাইবুংথৌ মরোং ওং অরংবা কুমজা ৬ পু ওং হ্রীং ক্লীং হুং লাইরেম্বী রোংচংবী ইমানা তাকপী কনবীও ওবা।

২ - ওং ঐং ক্লীং লাইবুংথৌ মশিং ওং অঙাইবা= উনবিরেন= তুকুপলেন কুমজা ১৫ থৌবুবা, ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং লাইরেমবী কশারী শ্রীং য়াইকুবী ওবা।

৩—ওং হুং শ্রীং লাইবুংথৌ মকাপ ওং লাংলেন শিদবা কুমজা ৮ থৌপুবা ওং ক্লীং লাইরেম্বী অকোকশা হ্রীং ওং হিপোকপী ওবা।

৪—ওং ঐং স্ত্রীং শ্রীং লাইবুংথৌ অসিং কুমজা ১৭ থৌপুবা ওং তোংকুপলেন কৌবা, ওং লাইরেম্বী হো সো রৈ হো সো কলারিং হো সো রোং মৌমুরী—য়াইপোকপী ওবা।

৫ - ওং হ্রীং ক্লীং হুং লাইবুংথৌ হংেং হ্রীং শজিক কৌবা কুমজা ১৯ থৌপুবা ওং হ্রীং স্ত্রিং হুং ফট লাইরেম্বী মোংশাওবী =হিরৈমা ওবা।

৬ ওং হ্রীং শ্রীং লাইবুংথো হশিং ঐং থবা শংথা কুপকী মশক ওইবা কুমজা ২১ থোপূবা, হ্রীং লাইরেম্বী হিনজিনবী=য়াইরেমা ওরা ।

৭—ওং ঐং হ্রীং শ্রীং লাইবুংথো মশেং=অহুইবা কুমজা ১০ থোপুবা, ওং সংথুপহিং নোংদংলেন কোবা, ক্রীং ক্রীং ক্রীং হুং হুং হ্রীং হ্রীং কশাথোয়ী=য়াইমা ক্রীং ক্রীং ক্রীং হুং হুং হ্রীং হ্রীং ওয়া ।

৮—ওং ঐং হ্রীং লাইবুংথো হনি কুমজা ১২ থোপুবা, শ্রীং ক্লীং হ্রীং ঐং লাইরেম্বী চিংচরোইবী=মৈ শান্ত্রবী হুং হুং ফট ওরা ।

৯—ওং হ্রীং ঐং লাইবুংথো নারো কোবা, ওং চিংবা লৈমা লাইরোংবী হ্রীং হুং হ্রীং হ্রীং মেরুব ওইবী ক্লুং লাইয়েক্পা তুংনফম ওইবী ওরা ।

## ২৫ প্রত্যাঙ্গিরা বিধি=প্রত্যাঙ্গিরা ইরাৎপগী পোৎচং

লৈফম ৬কি ফম্বি ১ য়েক্কনি, লৈনা ৮ পানগ্নি, অকোইবদা তাওয়োটলাই থাবগী শক্কম্না কোইশিন্দুনা য়েক্কনি পোৎচং :—চেং অঙ্গাবা, ইবোইগী ঘি, শিন্দুর, হৈথাগোক ক্যাম্বৈ, থৈবো, হৈনো, বোরোই, থোনাং, হৈক্রু (শয়িনা মপুং) তিংথো, জুবকুসুম অঙাংবা, থোইদিং, শাইক্তিংথং, ফনেক ইন্নফি, ঘেট=ইরাৎফু, হৈরুক পানা, উচিরা ৪, লফু চু ৪/৫, থকথন, ঘেট ৪ হৈরুক পানা ৪/৪ কুশ মনা য়ুবী ১ শলু অঙাংবা মচেৎ ১, সনা লুপা শজোম অনৌবা মৈ মুৎনবা অসি চঙনি ।

শ্রীরামদাশ হনুমন্ত পঞ্চমুখি যগ্য—পঞ্চমুখি লাৎপা পোৎচং :—ইশাইফু ১, থাওমৈ ১, হৈরুক পানা, আসোন—থুদা ১, ইরাৎ ফুগী

মমাংদা টাক্সিম অহুম পানবা ১ য়াম্না য়েকনি মথক্তা খুদা হৈরুক পানা মৈরা থমগনি। চেং থোইদিং, হৈখাগোক মনা ১০৮, রাম তুলশি মনা ১০৮, শিং মরম ৩ নত্রগা ৫ না মৈ হোংগনি, ঘি, চেং-থোইদিং তিংথৌ মনা ৩ পানবা ১০৮।

মথক্তি ২৫ শুবা অসি মরম অমত্তা কাইহন্দনা ঙাওনা ফৈনা নাবা, পোংশেম থৌরাং লৈরবা য়েংবদা কবা রাবরা মতমদা তৌগনি। য়োংশবী অমা থারো মথোং অহুমদা হৈরুক পানা ১/১ মম থারো। চফু ১ দা থাও অচাবা থরা হাপও মশাদগু নদল পুক থবাক ফজনা তৌরো তৌবা মতমদা ওং হাৎ হাই হাইহুনা তৌগনি। থাং ১ না থাওহু মশাদগী ফজনা শিংথদনা থেত্তনা পুররুগা চফুদা মপান্দা থেৎচনগনি। থাংনা থেৎপা মতমদা ওং সিতারি তারি পদপদ স্বহা হাইহুনা থেৎলু থাওরেকশিংদো অমত্তা রাত্তনা থেৎকদবনি। অহুগা মৈহৌরো। ওং গুরু মন্ত্রা চাকও গুরু মন্ত্রা তুম্মো হাইহুনা উতঙ্গী থাবৈ ১ না ওংলু। চফু অহু মৈদা থাক্লংলো। হুকচাংদা মু ঙাইতবা কদাইদা লৈরিবগে হায়না খিরো মুংঙাইরবা মকম অহুদগী অমুকশু ওং সিতারি তারি পদ পদ স্বহা হায়হুনা ফজনা থেত্তনা থাওহু লোইনবা থারো। ঙসাইগী পোংলমশিং অহুদি মৈদা দান তৌরো। পোং পুম্নমক চাকথবদি অনাবা ফরে ইমানা চানখিরে থল্লে।

মতুং নোং ঙাল্লগা হুকচাং মুংঙাইতবা লৈরবদি অমুক্তগা হনবিয়ু মতুংদদি শেংলনি। মরম অসিবু যাহু যজ্ঞ হায়না থগীরম্মি কনাগুম্বা মী ১ বু রাবা ভারবা ঐবু করম তৌরগা কগদগে হুকচাং ইন্নুং মুংঙাইতে মুগী অঙাং তিম্নবগু মুংঙাইতে, য়াম্না চারবগু রাই, পুক্লিংদা অকিবা অমুক অমুক থোকহল্লি স্বাই লাওবা থুই. শুবা নোম্বা ঙমগদবোই শুবা নোম্বদি হেক্তা ঙমদে, য়েংঙবা খুদিংমক চিনথম রাম্নদে অগুম্বা

লাইনা থংদনা লৈবনা চহি ১/২/৩ ফারক্লবা পোপ তুনা নাবা মক নত্তবনিনা হৌগত্তুনগু মচংপা অশিগুম্বা চিন্নবা মতমদা ইমাবু চেংনা থাগোন্দুনা লাংলো। প্রভজিরা হায়বনি ঐখোয়না পাম্বোম ১০ পানবী লাইরেম্বী মুংমু তুমদ মাংদবীনি কাওরোইদবা থাবৈনা উৎপদা ওং গুরু মন্ত্রা চাকও ওংগুরু মন্ত্রা তুম্মো।

থাও থেংচিনবদা ওং সিভারি ভারি পদ পদ স্বহা কাওবা য়াদে।

## ২৬ নিংশিং পাওশ্মা লৈচংবা

হয়ম হয়ায়ে খোইয়ুম লাইমিংথোই উংলো য়াইবিরেন শিদবা, য়ারা কোংথাং শাম্মী পোংথোক মথংলেংনা থিরেল উংলৈ লুংগী লাবা থিয়াং থোক্লা লমহৌরকপা। খোয়ুম য়ারা নখোঞ্জেনবু লাংবন খোইমু খোন্দানবমা শৈশক শৈদম্নরিবা, লাইমিংথোই চিরাইলোং অহেনবা, কোয়ো কাপ্লিবা, রাংবন কুবিবা, রাংবা নোংখো পাঞ্জুম্বা, ইরাংলোন তৌস্রা তৌরিকলাইবু ইমু মচেং খোয়া থবি শেনগোইয়েন অপানবদা য়াহিপ্লা। থরাই মীপোকপা নমু পোনশেনবা লাইমিংথোই নখোংথা থম্বাল লৈঙাং লৈকানা ভমজনববু লৈপাই লৈচংনা পুরুমজবরু তান-ফংজবা কুবি নোংদম পিবিও ওয়া। শিলহৈবী লাইয়েক লৈমবু পুরুমজরি লৈয়েং লৈনৌ ভাবরু কুবিও। কংলৈ-ংবু পুরুম লৈপাই-নজরি ( তৌগদবা মরম মফম ভাকনি )।

## উংলো য়াইবিরেন শিদবনা হাই

তাও, লোইনবা শেম্বা য়াবা=দেব রাবা, নহাক মহাক হাইবা মশক অনিনা অমনা লুবাক্লি, অমনা মথুম্নি. ঐহাক চায়বা ইশঙ্গা

লুখাক্কা মথুমগা অনিগী মমুং অতৃপ্পা হাপ্তুনা লোতুনা লিচুনা থম্লিবা মশকপু ঐনি। নহাক মহাক কৌবদি মশক পুম্বু হায়বনি। লৈঙম্বা মশক পুম্বগী হকনুংদা ঐনা শিনথুংবা লৈঙম্লিবা মশক্কি। হকনুংদা লৈরগা নহাক্কি মশকপু তপোপ তয়াং শাবা কৌএ। মহাক্কি মশক মমি বু চংনিং হেনবা কৌইদে। ঐগী ইশক ইমিংনা মরি লিশাবা কৌই। নহাক্কি লাইমিংনা উংলৈহিংফা কৌএ। মহাক্কি লাইমিংনা লৈফা ও-এ কৌএ। ঐহাক্কি লাইমিংনা ক্লীং নোংলুম কৌএ হয়ম।

# নোংমা নোংমগী লৈহুন

হয়ম হয়াহে কোরৌ থক্তগী মালেম লৈকুম খোংদারবদা নহাক কৌবা মশকপু ওইবী লৈশিরেন লৈপুনবীনা তেংবানবগী য়াইফ খোরম্মু নো.দম্বীনবা খোরম্মু খোঙম খোপুনবগী মপুক লুম্লাং লৈথানচুনা রাংলেন তুংশুন অমবু লৈফম্মমগা পাম্বোম ২ বু শাংনা ভিংচুনা য়েং ওই থুবাক ২ দা, লেংজুম পাম্বোম মরু ২ দা সনা মিংয়েংবু লৈথম্না মশকপু নীংশিনা লৈঙম্বরক্লবদা ইবেম্মগী হক্কি লৈয়াইদগী লাইরেম্বী অমা খোমক্লে লাইরেকপু লাইমিংবু ঐং হ্রীং শ্রীং কুং হেসৌ লক্লেমা ওরা লৈহুন তম্লে। মিংলেন লাইয়েক অমনা হ্রীং চাকশৌবী ওরা। লাইয়েক লাইমিং অমনা শ্রীং হিপোক য়াইপোকপী ওরা। অমদি ওং হ্রীং হ্রীং শ্রীং শ্রীং লৈশিরেন লৈপুবী অতিয়া মরু শিদবা ওরা। ইমোইম্নু কৌওইবী লাইরুতনবা=কৈরুংবা ওরা।

লৈয়েংদগী মহাক্কি মহাক ওইবী অমা শাথোক্লে, তেংবানবদা লৈঙম্বা মশক অচৎপা চত্তবা পুম্নমক্কি য়ারা ইথোনবু কুবিনবা মোংদম্মু লৈশিম্নচুনা লাইয়েক লাইমিংবু ঐং লাইয়েক লৈমা শিলহৈবী ওরা। ১ দি ও হ্রীং হসৌ ও লৈনৌভাবী ওরা। ঐং হ্রীং শ্রীং হুং হেসৌ মথোং

কারকপগী মশকথোংদা ওইরিবী মনৌ তরেম্বী লাইরৈমা নচু নঙাম্না সুপানবা ফুদোংবা অঙৌবা লৈরাংনা তমজনা লৈকা ফম্না শাংচরিবী ওরা।

১। মিৎ য়েং থংবদগী কুমজা ১৪ থা ৭ কোরো ১২ লৈচংবী লাইরেম্বী অমা মচু মঙানবু থবাই পিচানা তমজবী, ফিশেৎ ফিরোন মচুনা (নোংথাং মচু=চুমথাং মচু) ফিরোন্না খ্বাংশেৎ নমথাংনা শাথোক্লে। লাইমিংবু, লাইয়েকপু ওম হ্রীং হ্রীং ওম লাইলৈমা পূকশিথোম্বী (প-উ-ক-শ-ই-খ-ও-ম-য) লাইয়েক ৯ না নাওয়োম লৈথানা কুবি থোদা নোংদম থৌশিন শিন্তাকএ। ঐগী লোইনবী নহাক্না ঐনা মরুগী থৌগনবু নোং কোরো মরোৎ হাইবা খুদিঙ্গী লৈচং থৌগজবগী তানফংববা পরম্বু থৌঙম থৌয়া থৌশিন্নবিবু ওইনা থৌপুখিদুনা ঐগা থানবা লৈতনা লৈঙমশি, অদুগা নংনা লৈপু লৈকম্বনা চিংথৈগী মরু মিরুহিং পুরৈচিগী হৈকোল হৈকোল ফিতুপ অহুমবু লৈশং লৈপুনা লৈঙমনশি নোংমম্না লৈথমলে।

২। ওইগী মিংলূদগী লাইরেম্বী মথোং কাজরক্রবী কুমজা ১৪ থা ৭ কোরো ৪ লৈচংজক্রিবী ফিশেৎন অশংবা ফিরোন ফিশেত্তনা মচু মঙাম্না মুরৈ শংথাংনবা নোংথৌ মচুনা তমজনা ডাম্না শাথোক্লে। মশকপু উবদা লাইরেম্বী লৈশিরেম্না নোং দম্মি, লোইনবী নঙ্গী লাইয়েক শঙম্বু ওম ঐং ক্লীং ওম মশকপু ওইবী লাইমিংবু লাইয়েকপু (অা-ঙ-ই-ব) লাইয়েক্না নাওয়োমদুনা অঙাউবী লাইরেম্বী থাকোনা লোংপোক ঙংবা মহারাজগী ঈশিংথোং ঈকোমদা লৈফম অশিগী হৈকোন লৈকোনগী মবেম্না ওইদুনা লৈঙমলো, মতম পুম্বদা ঐগা থানবা লৈতনা ঐগী লোয়নবী ওইবীদুনা লৈঙম্বীয়ু, মশিৎ কৌবা নোংক্লারোগী, নোংদম্বগী থৌখনবু লৈচংনবগী থৌরম পুম্ববু শিন্তাক পীদুনা থৌঙম পরম্বু লৈশিনবিও নো দম্মা লৈথম্লে।

৩। য়েৎথংবা থবাকগী-থোমদ্রগী লাইরেম্বী মথোং কাজরবী কুমজা ১৪ থা ৫ কোরো ৮ লৈচংলবী ফিজেৎনা নোঙৌবী মচুনা

তমজবী মচু মঙাল্লা লৈহাও লৈরেন মচুনা তমজনবী অমবু শাথোক্লে। মশক লাইয়েকপু ওম হুং শ্রীং আং লৈহাল্লীডুনা লাইয়েকপু ( থ· আ-রা-ঐ ) বা নাওয়োমডুনা লাইমিংবা থারৈমা লাইরেম্বী মিংডুন্না মৈরম ঈকোন থম্লাং পনশাবগী হৈকোল লৈকোলগী মবেম্মা লাইরেম্বীবু মোংদম্না লোইনবী ইঙা নংনা ঐবু মঙম পুম্বদা লৈথানবা তৌবিগনু মরুপ্পী থৌগনবু কোরৌ মকাপ কৌবা খুদিঙ্গী লৈচংজবা থৌরম্বু তান-ফংনবা কুবি মোংদম্বীডুনা থৌঙম থৌপুনবিরো লৈশিন্নরে।

৪। ওইথংবা থবাক্কী=থোমদগী কুমজা ১৪ থা ৮ কোরৌ ১৮ লৈচংলকপী লাইরেম্বী, ফিশেৎনা অঙৌবা ফিরোল ফিশেৎনা, মচু মঙাল্লা নু চেং ঙাংঙুনবা—অরিবা মাইরেন মকুনা তমজবগী মশক্কম্বু ওইনা শাথে রুদুনা মশক্কমগী লাইমিং লাইয়েকপু ওম ঐং হ্রীং শ্রীং ও, লাইয়েক ( থ ঔ-ঙ-অং-ই·ব ) বা নাওয়োম্না লাইমিংবু থৌঙাইবী লাইরেম্বীবু মি হুন্দুনা থা ঈকোন থানা চাওবগী হৈকোল লৈকোনগী মবেম্মবু লৈশিন্নডুনা, লোইনবী নংনা ঐবু ইঙম পুম্নমক্তা লৈথাবিগনু, নোংকোরৌ অশিৎ কৌবা খুদিঙ্গী মোংদম্বগী থৌংনবু তানফংনবা নংনা কুবি মোংদম্বী-ডুনা থৌঙম থৌরম্বু থৌপুনবা নংনা থৌশিন্নবিও নোংদমলে।

৫। য়েৎ থংবা থম্বাইদগী মচু মঙাল্লা সনা অহিংবা মচুনা তমজনকম ওইবা, ফিশেৎনা হৈরাং কংলোইগী মপাল্লা তমজনা শেৎলিবা ফিরোল্লা খ্বাংশেন্দুনা কুমজা ১৪ থা ৫ কোরৌ ৮ নি লৈচংলক্লিবী লাইরেম্বী তনৌ তহেনবী অমা শাথোক্লে। মশক মঙান লাইয়েক ওম হ্রীং ক্লীং হুং হ্রীং লাইয়েকপু হাপ্তুনা ( থা-ই-ঙ ) না নাও-য়োমডুনা লাইমিংবু লাইরেম্বী থিংবা লোইথোম্বী লৈহন তমডুনা নোং-দমলে। লোইনবী নংদি শম্বোং ঈকোন ঈশেং, থাংহিং ভাংভোই হৈকোন লৈকোনগী মবেম্মা ওইনা লৈঙম্মু, নোংকোরৌ হয়েং কৌবা খুদিঙ্গী নোংদম্বগী থৌথনবু ঐনা লৈচং তানফংনবা পরম থৌরম্বু নংনা

কুথি নোংদম্বীহুন খৌওয়বু খৌশিনবী ওইবা হুনা লংনা ঐবু খাদোকপীবা ভৌদনা লৈবিও নো দমলে ।

৬। ওইথংবা থজাইদগী লাইরেন্সী তানো তহেনবী কুমজা ১৪ থা ৭ কোয়ো ৫ লৈচংলবীগী মশক অমা মচু মওায়া থম্বালগী লৈরিক্লা ভমজনবা ওইওবী, মফিশেং ফিরোয়া কুভি মচু খ্যাংশেংনা শাখোক্লে তেংবানবী মমা লৈশিরেন লৈপুবীনা নোংদম্বীয়ে । ৫ লোইনবী নশক্তি ওম হ্রীং শ্রীং ঐং লাইয়েক্তি মওম্বু ওইওংহুনা, (ক, ও, ঙ, ট, ঙ ) না নাওয়োমহুন নমিংবু কোংটিং লৈম থাকৌন নো চুপ মরুগী ঈশেং ঈকোনগা মরুগী হৈকোল লৈকোনগী লৈশ বী মবেম্মা ওইনা লৈওমহুনা হংশিং কোবা কোয়োদা নোংদম্বী থোথনবু লৈচংনবা খৌম্বু নংনা কুবিহুনা খৌরম্বু কাইদনবা খৌওম খোপুবু শিনবিও ।

৭। খুম্বাক য়েং থংবগী ময়াইদগী তবো তহেনবী লাইলৈমা কুমজা ১৪ থা ৮ কোয়ো ২০ লৈচংলবী লাইলৈমা অমবু মশক মচু মওায়া থম্বাল ১০৮ কোবা তাংওানবা মবাগী মচুনা ভমজনা ফিশেংপু পোম্বী য়াহোং কোবগী মহুনা ভমজনবা ফিরোনবু ওইনা শাখোক্লনা মশক মওম্বু ওম ঐং শ্রীং যং লাইয়েক্তী মওম্বু থৌপুনা, (য়) লাই-য়েক্লা নাওয়োম থানা লাইমিংবু য়ুচেং লৈমা থাকৌনা মশেং কোবা নোং কোয়োদা তে বানবা মপুগী থোথন লৈচংবগী খৌরম্বু লোইনবী নংনা কুরি নোংদম্বীহুনা খৌরমবু তানকংনবা খৌপুনবিহুনা ঔরাং মরু শাজুংবগী ঈশেং ইকোনগী, হৈকোল লৈকোলগী মবেম্মা ওইনা লৈ-ফমবিও নোংদয়ে ।

৮। ঈবেম্মগী অথুপ্প মকমদগী তকুপ তয়েং তবো তহেনবী কুমজা ১৪ থা ৮ কোচো ১৯ লৈচংলবী লাইরেম্বী ২ বু (ড, ই, ঙ) না নাওয়োম লৈথানা শাখোক্লে ।

অমদি মচু মঙান্না আশনবা উনাগী মচূনা ভমজনবগী মশক-থোংবু ওইঙম্না মফিশেংনা কুম্নাগী মচুনা ভমজনৈ, মঙমবু ও ঐং হ্রীং লাইলৈমা চিংচেংইবী মি হল্লে ।

অমনা মচু মঙানবু রাম্লেং থোইবী মপাম্না ভমজনা মফিশেংপু হুমিংলৈ কৌবী লৈরাঙ্গী মপাম্না ভমজনা ফিরোন ফিশেংনা শাথোক্পুনা মঙমবু ওম হ্রীং ঐং মঙমবু থোহাপ্না লাইমিংবু লাইলৈমা চিংবা লৈমা মি হুন্না ২ মকপু লিক্লম-কৌক্র থেংগ্রং লাকোলগী ঈশেং ইকোন ৭ থি শিমরি, উমরি, হাইবা হৈকোল লৈকোনবু লৈশংবী লৈপুবী লৈফমগী মবেন্মা থোপুবী ওইনা লৈঙমলো কুবি নোংদম্বীহুনা ঐগী লাথুপ লারৈ অমগী থোঙম থোপু ৯ বু লৈপু লৈফমবগীদমক্তা লৈঙমলো, নোংদমবু কুবিনা লৈফমখিএ ।

## ৩ লাইবুংথো মরু ৯, লাইরেম্বী ৯

তেংবানবগী মম লৈশিরেন লৈপুবী ইমানা মঙাইরোই চিংচেংইবী, চিংবা লোইথোম্বী ১ গা লোইননা মহাক্কী লাইরেম্বী ৭ পু অমুক শাথোক্পুনা লাইবুংথো ৯ গা তিলু লৈথানা মথৌ মঙম মতিক মঙানবু থোঙম থৌপুনা অচংপা চঙবা মী, লাই, হিংচাবা, শা-উচেক লৈঙম্বা পুম্নমক্কি মকমদ। থৌয়েংনা অবাবা হুংঙাইবা কুথি নোংদমনবা থৌশিল-লক্লে লাইমিং লাইরেক নোংদম্না ।

১। ওং হ্রীং হ্রীং নোংমাইজিং মরুবু পুরুমজরি। ওং মালেম অঙানবগী মশক্না ওইবা হে কোয়ো ফনবা নংনা কুথি নোংদম্বীও ওরা ।

হে ইমা রোংচংবী নপুক লুমলাং থোহেনবী উদ-খংদবা লৈতবী থৌয়ম পুদিংবু থোঙম থোয়াং কৌপুবী ওং হ্রীং ক্লীং হুং লাইমেমবী রোংচংবী ফং ওরা ।

২। ওং ঐং হ্রীং ক্লীং মরু নি থৌকাবা ওং. লোইরাম থাজগী মশকথোংবু ওইবা নংনা কুবিও মরু নিংথৌকাবা ওরা।

হে ইমা কশাগ্নী লাইরেমবী পুরুমজরি, নশকথোংনা ভেংবানববু পেয়হল্লিবী, অচৎপা চত্তবা লৈঙমবা পুমবগী থমোইবু ইংহল্লিবী, লল্লেমগী মশক ওইবী, অক বা মশকপু অনৌ য়েন্নিং চো হনবিদুনা থরাই য়াইবীবু, লৈঙমবা মশক পুমববু য়োকপী থাকপীরিবী ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং হে সো কশাথৌরী তেংবানবগী মমা ওরা।

৩। ওং হুং শ্রীং মরু লৈবাকপোকপাবু পুরুমজরি, আং মরু লৈবাকপোকপা ওরা।

হে ইমা অকোকশা লাইরেমবী ওং ক্লীং নঙমা য়েরুবা লৈবা খিবিক্তি মচিন মরৈবু ফাজিন্দুনা ককথত্তুনা মাংনবা থৌপুবী, য়রা ইখোনবু থোকহন্দনা নপুক লুমলাংবু পেং চোইহন্দুবা ভাওনববু থৌপুবী নংনা কুবিও হ্রীং ওম ওরা।

৪। ওং ঐং স্ত্রীং শ্রীং মরু য়ুমশা কৈশা মরু নিংথৌকাবা মরুগী মঙমও লৈতেংলিবী ওরা।

হে ইমা লাইরেমবী মৌমুবী হো সো রৈ হা সো ক-ল রিং হো সো রো নপুক লুমলাংবু থোইমা য়ামনা হৈশিংবী ইমা থৌঙম থৌয়াংবী নংনা কুবিও ওরা।

৫। ওং হ্রীং ক্লীং হুং শগোলশেন মরু হ্রীং লাইয়েক য়ারানা মেরুবা য়াইবী ওইবা নংনা কুবিও ওরা।

ওং হ্রীং স্ত্রীং হুংফৎস মোংশাং ভমবী ইমা লাইরেমবী নপুক লুমলাং থোইমা, য়াম্বী খৎদ-উদবা লৈতবী থৌরম খুদিং থৌঙমবী, তৌথিবগু কাওদবী তৌরকদবগু থৌথংবী, ওইগদববু রাথংবী ইমানা কুবিও ওরা।

৬। ওং হ্রীং শ্রীং ইরাই মরুবু পুরুম লৈপাইনজরি, ঐং লাই-বুংথৌ ইরাই মরু ওরা।

হ্রীং হিনজিংবী লাইরেম্বীবু পুরুমজরি নপুক লুমলাংবু হৈশিংবী ভেংবানববু নোংদম্বী ভনৌ তহেন তরংবী ওরা।

৭। ওং ঐং হ্রীং শ্রীং থাংজু মরুবু পুরুমজরিএ। যং লাইবুংথৌ মাপেলম অজানবগী মপারি ওরা।

কশাখৌরী লাইরেম্বী ক্লীং ক্রীং ক্রীং হুং হুং হ্রীং হ্রীং থা লৈজং লৈকম লৈপুবী ঊমা নবু পুরুমজরিএ। কশাখৌরী লাইরেম্বী ক্লীং ক্রীং ক্রীং হুং হুং হ্রীং হ্রীং মংলান খুদিং লৈকম লৈপুবী ওরা।

৮। ওং ঐং হ্রীং লাইবুংথৌ হনিবু পুরুমজরি বং মরু হনি থেং তেবানববু লৈমাং লৈমুংনববু খোপুবা কুবি নোংদম ভৈরীও লাই-বুংথৌ হনি ওরা।

লাইরেম্বী ঊমা চিংচোংববীবু লৈপাইজরি। শ্রীং ক্লীং হ্রীং ঐং লাইরেক লাইশঙ্গা শাফোংলিবী, নহিক নওস্ম মওম লৈহকপা খোয়ুম পুম্বগী থুংলাই মথুংগুবু লেশিন্নহুনা নথুংগু ওইনা পাইহন্দুনা য়েরুবা লৈওম্বা মী লাই হিংচাবা পুম্ববু মা হন্নবগী মওম লৈহাপ লৈথম লৈপুবী নথুংগু ওইনা পাইহন্দুনা খোঙম খোয়াং খোপুবী ঊমা নংমা কুবিও হুং হুং ফট ওরা।

৯। ওং হ্রীং ঐং নারো মরু লাইবুংথৌবু পুরুমজরি ঐং নারোবেং ওরা।

লাইরেম্বী চিংবা লৈমবু পুরুম লৈপাইনজরি, চিং চিং ধুং ধুং ওরা।

## ৪ মুংমু তুমদবী লারে শাথোক নোংপোক পাম্লোইবী

কাইবরোন ঊরাং খোনি খোঙম খোপুনবা লাইমিং লৈহন।

মরু লোয়েম্বা, মরু মচা খেজ্রা মরু অনিনা খোংদম শংলেনগা কাইবিরোন শংলেনগা লৈপু লৈফম্নদা নোংদম মরু লোয়াংজাম্বা, কা ান মরু থাজশাবা মরু ২ বা পারি অনিমক খোরম অশিদো

মৈতৈগী ভাওথিংমাজী সনা হাক্তকপী থৌরোন। ক.লৈ পুংময়োন লৈবাক্কা অরা লৈথম্না তানফংলবদা লৈবাকী অরাববু লৈকমগে হাইদুনা মরু থারম থাদোইনা শাথোক্লকুন। ইরাৎ থৌনিদুনা লৈবাক নিংথৌগী অরাববু লৈকোকহন্দুনা লৈবাকপু য়াইফ হুংঙাইববু তানফংনহনথিব। ইরাৎ থৌনিনি, লৈবাক অসিদা মৈহৌরৌদগী লাইরেম্বী লৈতাক লৈকন লাই ওইনা মতীক মঙম্বু লৈহাপ লৈথম্না লৈথম্নব লাইরেম্বীগী লাইয়েক লাইশকনিদো । কংলৈ পিবালোন খুদিজী লাইয়েকপু লৈমাংদনবা লুতুংনা লৈবাকপু লৈকম্নবগীদমক্তা লৈথম্নবনি। পরম থোংলম্বু কাইদনা ইরাৎ থৌনিদুনা লৈবাক্কি অরা লৈথম তানফংনরক্লবদা লৈকম্নবা থৌনি ইরাৎনে। থৌরম্বু থৌরেংদনা হ কু ইরাৎফদে মী মাংবা লৈমুৎপা নোংদম শংলেন, কাইবিরোন শংলেন, লৈতাক লৈকল্লোন শংলেন অহম্না মথৌ মংম লৈহাপ লৈংম্নবা থৌনিরোন অসিদে। লৈথম-হৌরে নোংম্না লৈশিনদুনা মরু অনিনা লৈতাক লৈকম্নবা থৌতম্বু মথং-গ্‌লেংনা থৌপুনরকুনা লৈতাক লৈকন্নরম্নবা ইরাৎ থৌনি লাইয়েক লাইমিং য়ারানি, হয়ম ।




ইমাগী ইরাৎফু থুদা

লৈহুন পোৎচং :

চেং অঙাংবা, থোইদিং, তিংথৌ. শঙ্গোম মপান, মেক্রুক থোইহি, শঙ্গোম অনৌবং, ফনেক, ইন্নফি, মাইয়োকথা চাইরেন পুথম চেং অচোনবা ১, হৈফাং চং থোকপা ১, হৈশাং রাই কুইবা ১, ইরাৎফু

১, হৈরুক ১, ইশাইফু ৪, থকথব ১, উচিরা ৪, চু ৪, লফু ৪, মুংছুনা মৈফু ও শেম্বা ( মালেমদা, লৈথারোম্মা, নোংলোম্মা ) লৈছুববদা রা ওাংকদে থৌরোইদনা চাকদে ।

## ৯ লাইরেম্বী নোংপোক লোইরাং পাম্ঘোইবী য়াকৈবা

ছয়ম ইতাল লৈশাবা উংলো য়াইবিরেন শিদবা পুরুম লৈপাই-জরিএ । ওম নোংপোক লোইরাং পাম্ঘোইবী হিয়াং লৈমবু পুরুম-জরি । ওং হ্রীং, ওং হ্রীং ইমা লাই খুংলোংবী লাইরেম্বী পাম্ঘোইবী ইমা নঙী নঙম্না লৈহকমনবনা থৌরম খুদিংদা থৌওম থৌপুনছুনা তেবানবা অসিদা লুতুং শাফোংনরকপা, তাইবং রাথল থেনবশিংন লৈঙাক লৈকন্নববু থৌপুদনা লৈমাং লৈমুংনবগী থৌরমতনা থৌওম থৌপুমছুনা, লৈবাক অরা লৈথম্ব তানফংনছুনা লৈপারওম্নবনি মশা মশাগী অরাং লৈকম্নবা থৌনিনছুনা, থৌজান হৈবী লাইরেম্বীনি হাইজ লোনজা পাওশাবু থৌয়াগনবিনি হাইছুনা নঙম্ব লৈথুপনা লৈথম্নশনু রায়েন লৈচুম্না নোদম্নশম্ব রাথরছুনা, অতুনোজীদমক্তা থোয়ুম ভুংবা মহারাবনা নামুং মীচৈ পংছুনা নমঙম্ব লোঙ্গ লৈথুপ্না লৈথম্নববা, থোয়ুম মানা অমুক কুবি নোদম্না ময়াখংবু লাইরেক অশিগী য়ারা ইছুনথোম্না নতিক নঙম্ব লৈচাপছুনা এগী মীচৈবু য়াকৈছুনা লৈকোক্লগা লৈনি থৌনিনা থৌদা থৌওম থৌপুশম্ব নোংদমখিবা লাইরেকপু য়ারাবু পাওশাংজগে, চিংঙ মঙান চাওবনা লৈথুপ মীচৈনখিববু লাইকোক তানকোক্লরশে লাইশেংনরশে ।

ওং ক্লীং, ওং ক্লীং, ওং ক্লীং, ওং ক্লীং, ওং ক্লেং, ওং ক্লেং, ওং ক্লো ওং ক্লো ওং ক্ল হিয়াং লৈমা পাম্ঘোইবী ইমা ইঙোবা থোয়ুমগী ম'চৈবু থিকশে নরে থাশেংনরে কোরেং ওসিদগী নতিক লৈচাওবা নঙম লৈহকপবু শাথোক শাফোংনরশে ।

থুবাং ১০ বু চেপ্না লোয়না লৈপাউনা পুক্নজরি, ওহং খোয়ুম শজুং ভেলচৈবা, ওহং ভুবা মহারাবা, কুবি মোংদম হৈশিংবা মীয়োক মীচান অচান মীরাই থাউদবা, তেংবানবগী য়াইফং নোংদম্বু লৈতবীবা; খোন্দায়রিবা নয়াথ দগী পুন্সি মুংশাংনা লৈপানবা য়াইফ খোরম পুম্বু ভানখেং শাংবা পাক্লা ভানফংনরিবা, খোয়ুম নঙানবু লৈহক লৈচাওবা, লুমাংদা শমলাং কিশি লিপ্পুনবা নোংপোক উনিংখোগুম লৈপানবা মখোংথাবু লৈপাউনা পুক্নম খৌনিজবু কুবি নোংদমতম্বীও।

উমা হিয়াং লৈমা পাম্মোইবী নঙী কুবি নথোজানবু খোয়ুম পুম্নক্না শিংথানরিদো, নংবু উরাং খৌনিজরবদি মানা মীনা নিংজবা খৌরম্বু খৌওবু ভানফংহল্লি। মচা নিরে মচা পি, মহৈ মশিং খৌম্নিরে মহৈ মশিং হৈহল্লি, লন নিরে লন পি নাই নিরে নাউবু পিথা লাইরেম্বী পাম্মোইবী—হিয়াং লৈমা—লাউখুংলোংবী খোজান চৈবী ইমানি শিংথানরিদো, হে ইমা নঙী কুবি নোংদমতনা য়েক্লবা লৈবা খিবিকপু মাংহল্লুনা মতু শোনবা লৈবিকপু লৈকনবিহুনা য়াইফং ভুংঙাইববু নোংদম্বী, ভাইবং মতু শোমবু লৈঙাক লৈকনবিহুনা চংলম লুত্তিমবু মামুং চংলম শিন্নদনা মপুক লুপ্নাং লৈতপ্পা মাগী মাগী মথো মওম্বু খোইজং খোইদানা খোঙম খোপুনা লৈপাম্নব নোংদম্বী, অঙকপা অকি তুজুংবা ভানফংবা, চংলম রায়েন নোংদম্ন মৈগী মৈশা লাংব-ওম্না ওলাং লৈপায়রবা অথোবা হিংচা য়াউতম্বগী শাকৈ নোংশাগী মমাংদা অরা লৈখম ভানফংনরক্লববু লৈকনবী, লৈমা নিংথৌগী মথোংদা অরা লৈকম ভানফংলবা, উশিং ইচাওনা অকি তুজুং ভাম্হনবা, লৈওম্বা খৈবিকপু লৈ ঙা ক লৈকমবিহুন। অ রা বা খিবিকপু ঙাকথোকপিহুনা মাংহনখিববু ওম্বা উমা নংনি। নোংদম খিনা লৈপাল্লবা ভাউখশিংবু লৈকনবিনবা উমা নংনি। তেংবানবগী য়েক্লবা লৈবা খিবিকপু মাংহল্লগা লাউবক খিবা মতু শোনববু য়াইফ নোংদমনা, মী, লাই, হিংচাবা, নপুক মরিন

চুমদবা, মীরুংশিবু লৈত থংদবা, লৈবাক্তি অরা অনং লৈথংদবা, মাগী মাগী অরাং ফমলেন লৈফম্বতা মথনবা মশকপু মাংহন্দুনা অচুম রায়েম্না কুবি নোংদম্বীহুনা নথাম্নুংদা কোক্লিম্না লৈথম্বা গুম্বী ভেংবানবগী মমামি শিংথারি। লাইরেম্বী পাম্লোইবী=লাই থুংলাংবী=হিয়াং লৈমবু থোইমুম ঐথোয়না তানকংজবা অশিদা লাইবক ফবী মগুম চাওবী মতিক হকপী কুবি নোংদম শাফবী থৌগমদবা লৈতবী লৈমরেন লুচিং ফম্বে লাংবী লাইলৈমবু পালেম ইমা ওইজবনি, ইমাগী পিবুকনুংদা নাওপুহুনা পোকপীরবা থোয়ুম মচা ঙাকনি হায়না ইমানা ম পুক লুমলাংদা লৈথম্না অচান মিরু.ই থাইদনা থোজ্ঞান মিংয়েংবু পরম অমতা ওইনা য়াইফ য়াইফংবু কুবি নোংদমনা নাওয়োক নাওকোন-বিরিবা ইমানি। হে থোয়ুম অথোইবা মুংবা মহারাবা থোইমুমও।

থোইমুম পুম্বগী পাওশাবু তাবদা মুংবা মহারাবনা হাই, য়াইফরে য়াইফরে য়াইফংলে থোয়ুম পুম্বা নথোই খ্বাগী নয়াথংদগী মুংমু ভুমদ-মাংদবী=নোংপোক লোইরাং পাম্লোইবী=হিয়াং লৈমা=লাইথুং-লোংবীনা ভেংবানবগী মমা কুবি হৈবী অমতা ঙাইরবী ইমা ওইহুনা ভেংবানবগী য়াইফ মুংঙাই য়াইফংববু কুবিনবা অরা অনংবু লৈঙাক লৈকোকপীনবা, লৈবাকপু লৈঙাক লৈকনবিমবা ওইরশমু। মতিক মগুমতগী লাইমিং লাইয়েক য়ারাতনা থোরম পুম্ববু থোঙমদবা লৈহনা থোঙম পোপুনবা ওইরশমু, শোঞ্জ নিংশিংবতদা অয়েংলাই লাইবুংথো ৯ গী ভেমথেং অরা অনংবু লৈচংলম্বগু লৈকোকশমু. লাকদবা লৈবা থৈবিকগু ঙাকথোকচবা ওইশমু, নোংদম্বগী নোংদম থৌদাবু থোঙম থোপুনবদা অয়োন অরান লংজ নামুং চৎলম লৈরম্মবগু ভিনকোক লাইকোকপা ওইশমু। হিংচা য়াইতম্বা, হিকাপ য়াইকাপ লৈঙম্বা পুম্বগু ভুমহুনা মাংহনশমু, ভোরফলবগু লৈচংবা ঙমদশমু তাইবং মপোকী মুংঙাই য়াইফং থৌনিনবা, অরা অনংবু লৈকোক্লবা য়েক্লববু মাংহম্নবা,

মালেম্বু লৈশাক লৈকনবিনবা মপুক লুমলাংবু লৈছম্না খোইজং লৈতংনা লৈঙাক লৈপানববু তানকংনশন্নু খোইয়ুমশা হুয়ম হোয়াহে হোয়াহে হোয়াশো হোয়াশো ইংশো ।

## ২ পুরুম খোনিলোন পাওশা

ওং পুরুমদা, হে ইমা স্বংমু তুমদ-মাংদবী নখোংখাদা লৈচং লৈপাইনভরি নোংপোক লোইয়া পানফবী ইমা । ওং লাইয়েক য়ারাগী মশক ওইবী লেংশিনবিরক্লো, হিয়াং লৈমা পাংম্লোইবী, লাইরৈমা খুৎলোংবী, হুং লাইয়েক য়ারানা ইমা নঙ্গী মেরুনা ওইরিবী, ভ্রোং লাইয়েক য়ারানা নতিক নঙম নপৌনা ওইনা শাথোক শাকোংবী, ক্লোং লাইয়েক য়ারানা নংনা কুবি চানবিনবা খোরম পুম্বগী খোঙম খোপু নোংদম্মবা নভিক নঙান নঙম্মু ওইনা লৈথম্বী ইমা নংনা ঐনা নিংজিবা খোনিববু কুবিও ।

হে ইমা নথুক্তা মরুগী মথুংগু খাংশাং মিয়াংখাং কৌববু পাইরিবী, নশম শম্লাংবু অমুবা থোইদিংনা ওমজরিবী, য়েরুবা লৈঙম্বা ধ্রুববু মাংজগে চায়রুনা নশকথোংবু উবদা অকি তুজুংববু তানথেংনহন্না শাফোংবী, তাংজ লিনবু খাওনবী, পাওশা রাহৈ খজিক্কগু পেনবি হৈবী, য়েরুবা লৈঙম্বা খিবিকপু নময়থবা মাংহনবা মুৎথংপা খোঙম্বা, পাম্বা কৈরেল লাবগী সট্টন মতুনা খাংশেৎনবী, নথো নঙম্মা লৈমাং লৈমুৎনহনববু থোঙম্বী ওইনা উত্তনা অমাংবা অতাবা নাইত্রবা, অংখোবা খুৎগু খুৎলাই তেংবানববু মা হুনবা ওম্লব খোয়ুমশিঙ্গী মথুৎগুবু নথুৎগু ওইনা পাইহুনা শাফোংবী । নচু নঙাম্মা শজোম অনৌবনা ওমজরিবী, সনা হকচাংবু লৈশিম্না খোয়ুম পুম্মকী মশকখোংনা শিনথুংনা লৈতেংনা লৈববু খ হল্লোহ উহল্লোই হায়বগী উৎ, উফুলবু তৈশিন্দুনা নোংথো লৈচিন অরাওবনা ওমজনহন্না উহন্দুনা কওবা লৈঙম্বা হিংচা য়াইতম্বা

মীশা চাবা মীয়ু নম্বা চৎলম লুত্তিন নাইদবা মীয়ু শিবু থংদবা লৈবা খিবিকপু অকিবা তুজুংবা লৈতবা মথোই খিবিকপু মাংহনগে মতিক মঙম্ব নমথগে হায়বগী শাকোংনবী হে ইমা হিয়াং লৈমা পান্থোইবী। ঙেংবানবু লৈবাক মরা ভপ্পা লৈপান্নবা থৌশিনবী, মীয়োক মীচান নাইদবী ফত্তবা মীয়ুংশি থংদববু মাংহল্লো, মপুক মরিন চুমদবু তুমহল্লো মতু শোনবা লাইরবু কনবিও, খুঙ্গাও লৈচাওনা লৈপানবু কুবিও য়াইফংবা থৌরম্ব নোংদম্বী, হে ইমা নোংপোক লোইরম পানকবী মুংম্নু তুমদ-মাংদবী হে ইমা লাইরেম্বী নংনা কুখি নোংদম্বীরো ইমা ওং শংথূপলেন মুংভরেংবী ওরা।

আঙ্গি ওং পুরুমজরি, গুমিৎ, খা, মৈ, ঈশিং, মুংশিৎপু, ওং মুংবা মহারাজবু পুরুমজে শেনতরেং তরংবা ওরা। ঙেংবানবদা লৈঙম্নবা চৎলম লুত্তিনবু কাইদবা হিংচা য়াইতম্বা শা-কৈগী চৎলমবু চত্তবা, মতু শোনবু য়োকপীবা, রায়েন লিচ্ম থৌপুবা, লৈবাক্কী অরা অনবু লৈঙাক লৈকন্নবা থোপূ থোয়াংবা লৈবা খিবিকপু লৈঙাক লৈকনবিহুনা কপয়াং তাংয়াংবা পুক্সি মুংশাংনা লৈপানবা, চাকহোং ফিহোং শিংহোংনা খুঙ্গাও লৈচাওববু কুবি নোংদম্বীহুনা লৈবাক অসিগী য়েক্লবা লৈঙম্বা খিবিকপু মাংহন্দুনা নমথবিরো ওরা।

৩) য়েক্লবা খিবিকপু মাংনবা নমথনবা থৌরমবু মথল মথা থৌঙম থোপুবিহুনা নমথবিও মাংহনবিয়ো ওরা।

ময়ুম ই খোল লৌরি য়ুম্ফমবু থাদোক্লুনা মপুক লুমলাংবু ঙাও-চৎনহল্লো।

ওং ওং য়েক্লবা পুম্নমক্কি মতিক মঙম লৈবা খিবিকপু মাংহল্লো ওরা।

ওং ওং য়েক্লবশিংগী মশা হকম্নগী দুংশিৎপু মথক মথা ওন্না তৈনহল্লো ওরা।

ওং ওং য়েক্লবগী মহৈ মশিংবু মতিক ময়াইবু হাত্তোক্লুনা মাংহল্লো ওরা।

ওং ওং য়েক্লবা খিবিকপু ঈশিং ইথক অচৌবদা লাকশিন্দুনা মাংহনখরো ওরা।

ওং ওং য়েক্লবা খিবিকপু লমমৈনা চাকখেন্দুনা মাংহনখরো ওরা।

ওং ওং য়েক্লববু মুংশিং নোংলৈ অকনবনা হুমাংজাকুনা মাংহল্লো ওরা।

ওং ওং য়েক্লবা খিবিকপু মপুক লুমলাংবু জাওচং কৈচংনহন্দুনা কোইজাইননা ময়ুম মকৈ শাগৈ নাতৈবু শকথংদনা চংহন্দুনা কোই-জাইননা মাংহনখ্রো ওরা।

ওং ওং ওং লাইয়েক্লা নাওয়োম থানা কোঞ্জিনবিদুনা ইরৈবাকপু, ঐগী শাগৈ নাতৈ মরুপ মপিচা ঐবু লৈঙাক লৈকনবিদুনা ইমা মংনা নথানুংদা কোঞ্জিন্না লৈকন্দুনা থম্মীও ওরা।

# থুং লোম্নদুনা পাওশাবা

ওং হিয়াংলৈমা পাম্বোইবী য়েক্লবা পুম্বনা অকি জুজুংবা তান-ফংনবী, য়েক্লবা খিবিকপু নমথদুনা নথাবু পোলহল্লা থুদুম চনশিন্না লৈথম্লিবী, উহং উরাং উকক্লা লিক্লাং লেংথগুম লেংদুনা নঙক্লগী থবাক য়ৌবা চোম্নবু লৈতেং ওইনা থোল্লিবী। থোরম থোরম খুদিংবু থোঙমদবা লৈতবী, থোরাং থোপু শাফবী নশকথোবু নতিক নঙান নঙমবু শাফোংনা জাল্লিবী। মীনুংশিবু লৈথংদবা হিংচা য়াইতম্নবগী লমচংনা মথো মঙম ওইরিবা, লৈবাকপু মাংনবা থোশিনবা, অরা মৈশা লাংহল্লিবা, য়েক্লবা মশক পুমবগী মশা হকি লৈফমবু জংথাই তানা শেগাইবিয়ু, মথক মথা ওন্না তৈননা পানহল্লো, লৈকম চাকম থংহল্লু, লাই, হিংচাবা, শা-কৈ অপোইবা অয়েং অখোং লাই, মীনুংশি থংদনা ওং নৈরিবা, তাইবং লৈঙম্লিবা নমু তাইবংচাবু মাংনবা

ভাইবংলক্লগী লাইরমলেন্দা লৈথাঙ্গে থৌপুবা য়েক্লবা মখোয় পুম্বু শাংহনখরো, উংকুম্না হুমহনবিখরো, মশকথোংবু থোঙ্গুম্না লৈহল্লো, হান্তোকুনা মাংহল্লো, ঈমা নঙ্গী নশকথোংবু অকি ভুজুং তানফংনবা নহিক নঙান অহুনা চাকথেক্লুনা মাংহনবিয়ো।

ওং যো, ওং যো ঐগী য়েক্লবা লৈবা খিবিকপু মপুন্সি লোম্বা ফাওববু অরাবা বাথন্ত তাংস্থংনহুনা মপুন্সিবু লোমহল্লো ওরা।

ওং যো, ওং যো ঐগী য়েক্লবা পুম্বগী মথুং অনিবু থুদেকপিয়ু ককথত্তুনা মাংহল্লো ওরা।

ওং যো, ওং যো ঐগী য়েক্লবা খিবিক্সি পেথোংবু মেনশিনবীহুনা কুপ্লহন্দুনা মাংহনবিখরো ওরা

ওং যো, ওং যো ঐগী য়েক্লবা পুম্বগী মখোং অনিবু য়ৈথেক্লুনা থুদেক্লুনা মাংহনবিয়ু ওরা।

ওং যো, ওং যো ঐগী য়েক্লবা পুন্নমক্তি খমোই পিবুকচুংবু চাকথেক্লুনা থোইশাও লিনশাওনহুম্না লৈকম চাকম খংহল্লু ওরা।

ওং যো, ওং যো ঐগী য়েক্লবা পুম্বা মপুক লুমলাংবু ওম্না তৈন-হন্দুনা মাগী মাগী মচা মশু শাগৈ নাতৈ লৈবা খিবিক্তা তিম্নবা য়াদনবা থোশিন্দুনা মাংহনবিয়ো ওরা।

ওং যো, ওং যো য়েক্লবা পুম্ববু য়োজৌ মশককুম্না ওলহন্দুনা মাংহনবিয়ো ওরা।

ওং যো, ওং যো ঐগী য়েক্লবশিংগী লৌরি ইংখোল মঘুম মকৈ লৈবা খিবিকপু মাংহন্দুনা চংহনবিয়ো ওরা।

ওং যো, ওং যো ঐগী য়েক্লবগী মচাক মরন শাগৈ নাতৈ মচা মশু পুম্ববু তুম্না মাংহল্লো ওরা।

ওম লাইরেক্তি মশকথোংবু ওইবী নঙ্গী কুবি নোংদমদগীবু থৌপু থৌরম অসিবু থোঙমজহুনা মাংহনবিয়ো ইমা নংবু লৈপাই থৌনি ইরাংচরিব। ঐবু ঐগী শাগৈ নাতৈ ইচা ইশু মঘুম ইংখোল লৈবা খিবিক্লা লৈঙাক লৈকম্না নথ.ন্নুংদা কোজম্না লৈথম্বীও ওরা।

ওং ওং ওং, ওং ওং, যোং যোং যোং, যোং যোং, রোং রোং রোং, রোং রোং, লোং লোং লোং, লোং লোং, বোং বোং বোং, বোং বোং, হুং হুং হুং, হুং হুং, ওং ফট ফট ওয়া।

ওং যো, ওং যো, ওং ঠো, ওং ঠো, ওং ওং হুং হুং, ফট ফট ওয়া।

## থূৎ চেপনা লোন্ন লৈপাই পাওশানি

ওং লাইয়েক ওইবী পুরুমজরি হে ইমা নোংপোক লোইরাং পানবী=ময়ুং তুমদ-মাংদবী য়েক্লবগী মশক ওইঙ্ঘা, মপুক মরিন চুমদবা, হিংচা য়াইতপবু মাংহন্নবগীদমক্তা মচিন অহুম লোংবা অমাংবা অতাবা নাইদবা য়োংকি চৈথ য়োংগকপু নথুংগ ওইনা পাইবী, ঈংতো মনাক্তা লেপ্লী, ঈমু পানকেননরিবা, মতু শোনবা মীবু মীয়োক মীচান হৈবী। শাহিং, ঙাহিং, মীশাবু চাবা লাইহিংচাবা, তোল্লবা মতূ শোনববু নমহৎ তুহত্তুনা মাংহন্নবা থৌশিন থৌপুবা, মথোয় খিবিকপু মাংহনবিগে অতুদুঙ্গীদমক্তা শাহিং, ঙাহিং মীশা চাবী লাইরেম্বী ওইনা শাথোক্তুনা মথোয় খিবিক্কি লৈহুনবু লৌহুনা ইরাং থৌনিনরিবী, হেং-বানববু শুমহৎকে য়েক্লবশিংবু থংলোই হায়বগী চংলমবু শাথুপ্ল; ইমা নঙো লাইবক ময়াইদা ঈত্তনা নোংলুম শানা লৈয়েক লৈনম্মা, ঐদি ঈ থকপী শাহিং চাবীনি পাওতাক্লা শাথোক্তুনা লৈফম্বী। ইমা খ্বা নৌবী চেলবা খ্বা দা শাহিং চাবশিংগী মকোকপু কক্লগা পাংং শানা লেংহুনা খ্বাংলি খ্বাংনপ ওইনা ফিশেংলিবী ইমা নংনা কুবি নোংদম্বীহুনা লৈবাক্কি মক্লবা লৈঙম্বা, ঐগী য়েক্লবশিংবু ঐগী ইচা ইশু শাগে নাতৈ মরুপ মপীজা পুম্বগী য়েক্লবগী মশক ওইবশিংবু মাংহন্দুনা নমথবিহুনা মথোয়বু মাংহল্লো। লৈবাকপু লৈকনগে অরাববু লৈকোক্লবা থৌঙম থৌপুবা লৈবা খিবিকপু কনবিও, ইচা ইশু শাগে নাতৈবু,

মরুপ মপিজাবু কনবিও নংবু পুক্নমজরিবা ঐবুশু নথান্নুংদা (ও) না নাওয়োম্নহুনা কোপ্লিন লৈকম্নবিও ওর্রা।

লৈবাক্কি য়েক্নবা=ঐগী য়েক্নবা খিবিকপু মাংহনবিরো। মথোয়গী চংলম চুমদবা মপুক লমলাং লোনম্ববু নমথহুনা মাংহল্লো। মশক মওং মতিক মঙান লৈঙম্বা পুম্বা নমথহুনা মাংহনবিগ্নো। য়েক্নবা মপুক মরিন শেংদবা খিবিকপু নয়ানা শাইগাইহুনা চাশিনবিরো চাথোক্লো চারো চারো। ওং ওং, হুং হুং মীবু মাংনবা ফত্তনবা থৌপুনখিবা, পোৌপুরিববু মাংহনবিও। হে ইমা মুংমু-তুমদ-মাংদবী ইমা নংবু পুক্নম লৈপাইনা থৌনিজরিবা ঐগী ইমা ইপা, শাগৈ নাতৈ, ইচা ইশু, মরুপ মপিক্না পুম্ববু নথান্নুংদা কোপ্লিনবিহুনা কুবি নোংদম্না অর্রা অনং লৈঙম্নম্ববু লৈকোকহন্দুনা লুতুংদা লাকঙমগদবা অর্রা অনং লৈঙমবা খিবিকপু ঙাকথোকপিহুনা কোপ্লিন লৈথম্নহুনা কনবিয়ু কনবিয়ু ওর্রা।

## ৪ লৈকন লৈহুন লাইয়েক লাইমিং

ওং সেফং সেফং হুং হুং ফট ফট ওর্রা। ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং য়াইখিরেন শিদবী লৈশিরেন লৈপুনবী ইমানা ঐগী লুরাই কোইরেন্দা ফত্ত হোৌদি অশোই অঙাম লৈখিববু শেংদোকপীহুনা ভানফং-লগদবা লুরাইগী লৈকমদা লৈবা খিবিকপু ঙাকথোকপিও য়াইফং লুমলাংবু ভানফংনবা শেমদোকপিহুনা লৈবিও ওর্রা।

ওং ঐং হ্রিং শ্রীং ক্লীং লৈফুরেম চম্ন থিবা ঙম্বী লাইরেম্বী ইংঙৌবা লাইগী মথৌ মঙম্নু থৌঙম থোম্পুবী ইমানা মিংকি লৈকম্নু অশোই অঙাম লৈঙনবা লৈঙাকপীও ফত্ত হাওদিবা লৈঙম্নবশু লৈকোকহনবিরো ওর্রা।

ওং ঐং হ্রীং শ্রিং ক্লীং নোংপোক লোইরং পানকবী লাইরেম্বী নশকথো বু শাথোক থুদিং নৌহৌনবী লাইলৈমা লৈশাং নোংদম্নহ্রিনীবু

ওইহুনবী ইমা নংনা ঐগী পাওশা থোরম্বু মীপুম থুদিংনা থোইজং থোইদবা পাওশা থোরম্বু থোওম্মবা, মীপুম থুদিংনা থোইজং থোইদাবা পাওশা থোরমবু থোওম্মবা মীপুম থুদিংনা মুংশি মুংথোম্না থোইদাহুনবু কুবিও ওরা ।

ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং লাইরেম্বী শোরবান লাইলৈমা লাইনিং চৎলমবু হৈশিংবী ইমা নঙ্গী চৎলম লাইনিং পরম থোনিবু থোয়ুমনগু তাইবংনগু তমজবদা তানফংববু রাওম্মিবী তোওম্মবা থোরমবু থোওমদবা লৈতবী থোওম থোয়াং হৈশিংবী ইমানা ঐগী থবক লৈফমদা লৈফমবু হুনা অশোই অভাব লৈওম্মবসু লৈকোক লৈশেবীহুনা লুতুঙ্গী লাকদবু লৈতাক লৈফম্বীহুনা থোপু থোরম থুদিংবু থোওম থোপুনবিয়ু ওরা ।

ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং হৈরোং লৈমা লাইরেম্বী ইমা চরৈ ফিরোন শাথোকপী ওক্তী মশকথোং মপোক ইহুমবু নোংদম শাথোক থোপুবী ইমা নংনা ঐগী নাকোং লৈফম ২ দা অশোই অভাম লৈববু লৈতনবা শেমজিনবিহুনা লুতুংদা অশোয় অভাম তানথেংলগদবা থিবিকগু লৈতাক লৈকনবিহুনা লেংদবা ওইনা সনা ফম্বাল লাংবিও ওরা ।

ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং নোংপোক অভাইবা চন্থু লাইরেমবী সনা খোংনাং লৈমা নমু তাইবংবু শাথোক থোওম্মবগীদমক্তা শগোল মহামনিক তেপাক কৌববু লিকানবা থাংলি (থোরি কোঙ্গোই য়াইবু শাথোকপিহুনা শাগোলবু লিকা লিপুম্না রারক থোকাওববু রাথৌনবম্না নমু তাইবংবু শাথোকনহন্মওম্বী, তাইবং ইপোক থোয়া থোপুনা ইবো মৈহোনা তাইবং মপোককপু থোহৌবী থোরম পুম্বু থোওম থোয়া থোপুবী, ইমানা ঐগী পাম্বোম লৈফম ২ দা লৈতাক লৈকন ফম্বাল লাংনা অশোই অভাম তানফংনগদববু তাকথোকপীহুনা থোপু থোরম পুম্বু থোওম থোপুনবিও ওরা ।

ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং ইথৈয়েন লাইগুরবী নোংলোন থক্তা শাখোকপী লাইরৈমা শাখোক চৈকোক অহনবী নখোং নগুমবু শিনয়াম্বী থৌগুমদবা লৈভবী শলাইলেন অমম্বগী মগুমবু খৌগম খৌশিন শিম্বানা খৌগম খৌপুনরিবী নপুক লুমলাং লৈংহনবী, শিল্লেমা, অরাং অপা লৈভবী লরৈমা ইমানা ঐগী খোইদৌদা লৈকমহুনা অশোই অগাম লৈববু শেমজিনবিহুনা লুহুংদা অশোই অগাম লাকপবু গাকথোকুনা লৈবিও ওরা।

ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং হিরং লৈমা পাম্বোইবী ইমা লাইরেম্বী শাফম লানফম থুদিংদা খৌগম খৌয়া শাকবী, লানলম শায়মবু লৈথংবী খৌতৈবী ইমানা ঐগী পেংখোঙ্গী চংলমদা অশোয় অগাম লৈব খিবিকপু শেমজিনবিহুন, ফজবা অকাইবা তানফ নগদবা লৈঙবা খিবিকপু গাকথোকপিনবগী কুবী নোংদম্বা লৈবিও ওরা।

ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং লাইলৈমা শিজহৈবী, লাইয়েক (৭৮) বু শাখোক লৈথম্বা তেংবানবগী য়াবা ইখোনবু নোংদম শাফোংবী লৈনাও তাবী ইমানা ঐগী থুগী লৈকমদা অশোয় অগাম লৈঙম্বা খিবিকপু শেমজিনবিহুনা লুতুদা অশোই অগাম তানফংনগদববু লৈঙাক লৈকম্বা কুবি নোংদম্বা লৈবিও ওরা।

ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং মালেম লৈমগী মশকপু গুইরিবী ইমা নপুক লুমলাংবু খোইমা য়া না ইংনা খোইজং লৈতানা লৈপানবী ইমানা ঐগী খোঙ্গী লৈকম অনিদা অশোই অগাম অনা অয়েক লৈবা খিবিকপু ফনবা নৌবৌনা শেম্বীহুনা লুতুংদা অশোই অগাম লাকদববু লৈঙাক লৈকম্বা লৈবিও ওরা।

ওং ঐং হ্রীং শ্রীং ক্লীং মুংমু তুমদ-মাংদবী ইমানা ঐগী হক লৈকম্বু শিনথুংনা লৈঙমহুনা অশোই অগাম লৈবা খিবিকপু য়াইফংনবা শেমজিনবিহুনা লুতুঙ্গী তানফংনগদববু গাকথোকপিনবা নোংদমববু কুথিনা লৈবিয়ো ওরা।

## ৫ য়েক্লবা মাংনবা

হে ইমা পাম্বোম ৮ না লৈতেংলিবী থাম্মী নোংপোক্কি মবেম্মা, মতিক মঙাল্লা মুমিংকি মঙানবু ঙমজবী. তেংবানবু মাংহনবু খৌওম্বী থরাই পানববু লানবিনবগী খৌংসু খৌপুবী নখোনা নঙমঙনা য়েক্লবা লৈবা থিবিকপু, নমথহনা মাংহন্দুনা লৈথম্বা ওম্বী, য়েক্লবগী মপুক লুহংলাং কত্তববু মাংহন্দুনা মচু শোনবশিংবু লৈকনবিহনা পাম্মী পুগী চংলম্বু, নামুং চংলম্বু চপ্তনবা, লাইনিং লমবীবু কাটদনা লৈবাক মল্লা ওম্মা মপুক খোইজং লৈত্তানা লৈবাক খুঙ্গাও লৈচাওনা লৈপাল্লববু কুবি নোংদমবীরিবী. মীয়োক মীচান থাউদবী নাওয়োক হৈশিংবী. লাইবু মিংবা, মীকুংশিবু লৈথংবা পুম্বগী মপুক খোইজং লৈত্তানা লৈবাক মল্লা ওম্মা লৈপাল্লবা পোঙম্লববু খৌপুবী য়েক্লবা থিবিকপু তাকথোক্লনা মানা মানা নিংজবু কুবি নোংদম্লা পিনবী, ইমা নংনা নথাম্বুংদা কোক্কিল্লা কনবিও য়েক্লবা থিবিকী মতিক মঙম্বু নমথহনা মাংহনবিরো।

ওং লাইরেম্বী পাম্বোম ৮ পাম্বুনা শাথোকপী সেফং সেফং ঐগী য়েক্লবা পুম্বগী মথোং মথুংপু পোমহন্দুনা মপৌনাবু মা হল্লো, মাংহল্লো।

ওং হে ইমা নঙ্গী নঙম তেবানববু মাংহনবা ওম্বা নহুম্না সেফং সেফং ঐগী য়েক্লবা পুম্লমকপু মা হল্লো, মা হল্লো।

ওং ইমা লাইরেম্বী নঙ্গী নঙম নঙান মৈগী মশক ওইববু শাথোক্লনা মাংহনবা ওম্বা নঙাম্না সেফং সেফং ঐগী য়েক্লবা পুম্ববু চাকথেক্লনা উং ওম্দুনা মাংহল্লো ওবা।

ওং ইমা লাইরেম্বী নত্তো নওং নঙম্বু তেংবানবগী মপুক লুম্লাংবু খোইজং খোইদানহৈম্না শুমহত্তনা। লৈথম্বী সেফং সৈফ, য়েক্লবা পুম্ববু মপুক রাথনবু শুমহত্তুনা মাংহল্লো ওবা।

